# অরায়বা ওডিভিং

ইজবা ঃ

হাওবম বাবু সিংহ বিঃ কম

ফংকম

রাজ ষ্টোর

পাওনা বাজার, ইম্ফাল।



[ মমল ন্দুপা ২ ০০

৺সৌবাম গোপাল সিংহগী

মফমদা নজ্ঞাকনা কচ্চবা

## ৱাহৈ খরদং

ঐগী **"অরায়বা ওডিটিং"** হাযবা লাইরিক মচা অসি ওডিট করম্না তৌগদগে হায়বগী মবমদা শমলপ্পা অমসুং য়াম্না লায়না ইজবনি। হৌজিক মতমদা লৈকাই-লৈকাইগী মরূপ, ক্লবনচিংবা ফাওবগী একাউন্টনচিংবা ওডিট তৌবা চৎনবকপনা কনাগুম্বনা ওডিট তৌবদা মতেং খবদং ওইগদ্রা হায়না নিংজহুনা থুংলোয়বা মওংদা ফোংজবনি। মীপুম খুদিংনা শিজিন্নবদা কান্নগনি হায়না নিজে।

—অইবা

# CONTENTS


| | পন্দুপ | | হীরম | | লমায় |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | ১বা পন্দুপ | .... | ওডিটিং | ... | ১ |
| ২। | ২গুবা পন্দুপ | ... | Internal check | ... | ৭ |
| ৩। | ৩গুবা পন্দুপ | ... | Voucher | ... | ১০ |
| ৪। | ৪গুবা পন্দুপ | .... | কেশ বুক্কগী পো'ষ্টিং তৌবা | ... | ১৭ |
| ৫। | ৫গুবা পন্দুপ | .... | General ledger | .... | ১৯ |
| ৬। | ৬গুবা পন্দুপ | .... | Balance sheet | .... | ২৫ |
| ৭। | ৭গুবা পন্দুপ | . . | ওডিটবনা যেংশিনগদবা খব | | ২৯ |
| ৮। | | | Commercial Terms | | ৪০ |
| ৯। | ৮গুবা পন্দুপ | ... | Recipts & payments account | | ৪৯ |
| ১০। | Abbreviations | | | | |

# অরায়বা ওডিটিং

## অহানবা পন্দুপ

## ওডিটিং ( Auditing )

লল্লোন-ইত্তিক তৌবগী হিসাব বইশিংবু মরি লৈনবা চেশিংগা লোইননা য়াম্না কুপনা য়েংশিন্নগী মওংবু ওডিটিং হায়বা য়াই। অতোংবা অমসুং অমাংবগী একাউন্ট ( Profit and loss account ) না উৎলিবা অককনবা মতমগী হিসাবশিং অমসুং বেলেন্স সিটনচিংবা ( balance sheet ) উৎলিবা পুন্নমক চুমলে অমসুং মরম চাদবা হিসাব য়াওদ্রে হায়বনচি বা উৎলিবা মওং পুন্নমকপু ওডিট তৌবা হায়না খঙ্নবা য়াই। অককনবা মতমগী statement of account চুমনা উৎলে হায়বা খঙ্লগা ওডিটরনা চুমলে হায়না সার্টিফাই তৌত্না পিগনি।

ওডিট তৌবা হায়বসি হিসাব বইশিংদা ইশিল্লবা অতগী অঙ্ক তিনশিনবা অমসুং খাইদোকপগী ভচুম অরান য়েংবদা নত্তনা মরি লৈনবা চে পুন্নমক্কী মতেংনা আয় পুন্নমক হিসাব বইগী চংফম থোকপা বইশিংদা চংলে অত্তগা খরচ পুন্নমকসু তৌফম থোকপদা মরমচানা তৌই হায়বগী খঙ্নবগী মরুওইবা উপায়নি।

**ওডিট তৌবগী মরুওইবা উদ্দেশ্য্দি ঃ—**

[ক] হিসাব শুজিনবদা কেরাণীনা লানবা ফংবা ( clerical errors )

[খ] মীনম্বা হিসাব শুজিনবা ফাবা।

[৮] নিযম লানবা অমসুং তৌগে হাযবা যাওনা মীনমচুনা শুবা হিসাবগী মঙ° পিংবা।

শমনা হায়বদা ওডিট তৌবগী মকওইবা থবক্তি অনানবা যাবা অমসুং মতুংদা অমুক হন্না তৌদনবা, মতম চানিংঙৈদা চুনশোকহৌবনি।

হিসাব লানবা হায়বসি মখল অনিগুমা থাযদোকপা যাই।

(১) Clerical errors –কেরাণীনা লানবা।

(২) Errors of principle— নিযমদা লানবা।

ওডিট তৌবদা অনানবা শৈ নবা পূন্নমক চুনশোকপা যাবা মঙং লৈনবদি মতুংদা অমুক হন্না লান্দবা চংনবা যাবা হিসাব শুবগী মঙং তাবপিগনি। মতম পুন্নমক্তা ওডিটনা চিংনবগা লোইননা ওডিট তৌবদি চুংদে। ইচম চম্না লানথিবা হিসাবকী মঙংদি থোইদে ন্না। কাযবা যাবদে অতুগা মীনমচুনা শুজিনবা হিসাব ওইবদি মচুগী মক ফ না যেংশিনবা যাদে অমসুং মতুংদা অমুক থোক্তনবগীদমক কন্না যে শিনগনি।

Fraud হায়বসি শেল •ন্নগা পোৎশিং থাঙ্গশেংনা mis-appropriate তৌবা নন্নগা falsifying accounts ওইবসু যাই। Misappropiation of cash হাযবসি অফংবা শেল হিসাবতা চংদবা •ন্নগা শেন অতু রাৎনা ফংলে হাযবনি। অতুগা নত্তবা অমগী খরচ তৌবা নন্নগা পিথোকফম থোকপা শেলদগী হেন্না পিথোকপনি। মসিগুম্না মখলগী misappropriation দি ফাবা বাদে। অতুগা misappropriation of goods দি stock record নিংথিজনা থনক্রবদি যাবা লুনা থোকই।

## ওডিট তৌবনা কান্নবা।

মখাগী অসি ওডিট তৌবগী মরুওইবা কান্নবনি :—

(১) Fraud অমসুং errors ফাবতা নত্তনা চাং-নাইনা ওডিট তৌবনা হিসাব বইশিং শুফম থোকপা পুন্নমক মতম চানা শুখিবনা হিসাব চিৎথহৌদ্রে অমসুং খঙ্নিংবা হিসাবকী মবোলশিং বইদগী লাইনা খঙ্বা ঙমই। ওডিট তৌগনি হনবদগী হিসাব শুবা মীশিংসু চেকশিনবা হেল্লি। অবানবা হিসাব থিংনবগী মরুওইবা উপায়নি।

(২) থবক্কী মপুশিংনা মতম মতমগী থাজবা যাবা হিসাবকী ষ্টেটমেন্ট চুন্না ফংবা ঙম্বনা খরচ তৌবা হেল্লবপা নত্রগা লাকফম থোকপা ডাফগী মযেং তাবা পুন্নমক মতম চানা খঙ্বা ঙমই।

(৩) ওডিট তৌবগা হিসাব পুন্নমক থাজফম থোকপনা লল্লেনবদা শেল্লপ হাপচিনবা নত্রগা অতোপ্পদগী শেল পুশিনবা মতমদা খুদো চাবা ফংই।

(৪) Income tax লেপ্পদা অমসুং ক্ষতিপুরন তানবদা খুদোং চাই।

(৫) লল্লোনলিবা Firm অমদু যেংস্নোকপদা নত্রগা Joint stock company ওনবদা খুদোংচাবা ফংই।

## একাউন্টিং অমসুং ওডিটিং :—

হিসাব চুমনা শুবগী নিযমনা একাউন্টিংনি অদুগা হিসাব অদু চুম্লা নত্রগা লানত্রা হাপনা কুপনা যেংবগী মওংনা ওডিটিংনি। শম্না হাপনবদা ওডিটর অমগী মথৌদি হিসাবশিং অদু মনিং মখা তম্না

কুপনা য়েংশিনবনি। মহৌশানা ওডিটরনা balance sheet কী মখাদা রিপোর্ট পিনৈ।

## করম্না ওডিট হৌগনি ঃ—

হিসাব ওডিট তৌবা অরায়বা থবক নত্তে। ওডিটব অমনা হিসাব ওডিট তৌবদা তফিং তফিং থবক পাইখৎলোইদবনি। অহানবদা হিসাব শুবগী মওং, মবি লৈনগদবা পাটি, অমসুং মীওই-শিং মুন্না খংগদবনি। মহাক্না তৌগদবা থবক্কী থাঙ্গৈশেংবা মওং অমসুং পাক-চাওবা হান্না খংদোক্কদবনি। হিসাবশিং internal check তৌব্রা তৌদব্রা হায়বা রাফমস্থু খংগদবনি। হিসাব শুবগী মওংদা অবানবা অমসুং অশোয়বা লৈরবদি মহ্ মুন্না থিগৎলগা মতুংগী শোয়দনবা তাক্কনি।

মথংদা হিসাব বইশিংগী মমিং মথা ইবা চে অমসুং থবক শুরিবা মীগী তোঙান-তোঙানবা মথৌ খঙ্দোক্কদবনি।

**Audit Programme :—**

তোঙান তোঙানবা থবক্কী ওডিটকী থবক পাইখৎত্রিঙৈগী মমাংদা থৌবুনা [ Principal ] অমসুং থবক তৌরিবা মীওইশিংনা [staff] পাংথোকপা থবক্কী চাওরাকপা মওং [progamme] হান্না লেপথোক্কনি। মসিগীদমক তোঙানবা বই অমা থম্গনি। বই অসি থবক থবক্কী তোঙান তোঙান থমনৈ। মসি কলম [ column ] শেংনা শেংনা খাইদোল্লগা থবক পাইরিবা কেরানীগী মিংনচিংবা উৎলি।

অককনবা মতম, থবক তৌথিবগী তারিখ, অমস্তুং থবক পাংথোকপদা চংবা মতমনচিংবা শুগাইনা ইদুনা থমনৈ। মসিনা ওডিট তৌরিবা মীশিংদা য়াম্না কান্নবা ঈ-পাও পিবা ঙমই। মতুদস্তু নত্তনা থবক পুরিবা মকোক [ Principal ] নত্রগা মাগী Staff শিংনা করম্বা মতমদা করম্বা থবক্কী শরুক কয়া তৌরবা কনানা থবক তৌবা অমস্তুং ওডিট তৌগদবা থবক কয়া য়াম্না রাংৎলিননচিংবা লোইনা খংবা ঙমই।

কনাগুম্বা অচৌবা দুকান [Firm] নচিংবদি ওডিট প্রোগ্রামগী চৎনবা য়াবা মওংগী [ Standard form ] থম্বা য়াওই। মসিগুম্বা মওংসি কনাগুম্বনা পামনদবা য়াওই। মসি লৈরবদি ওডিট তৌরিবা মীনা মশাগী লৌশিংতনা য়েংলগা অশোয়বা পুথোকপা অমস্তুং কাচিন-কোয়া শুনা য়েংশিনবা রাৎপনা নমই। মতম মতমগী দরকার মতুংইন্না ওডিট প্রোগ্রাম অসি থবক্কী চান্নবা য়েংলগা শেম্বগা মওং খেন্নগনি অমস্তুং ফবা হেল্লি।

**Audit Notes ( ওডিট নোট ) ঃ—**

ওডিট তৌবা খুদিংগী থুংলোয়বা রেকোর্ড ইশিম্বা হায়বসি য়াম্না দরকার ওই। ওডিট তৌরিঙেদা হংবা রাহংশিং অমস্তুং মতুগী পাওখুমনচিংবা ইশিলগনি। অরানবা অমস্তুং অশোয়বা ফাবা কয়ামরুম ফংলবদি য়াম্না চেকশিন্না ইগদবনি। অদুগা মরি লৈনবা চে. Vouchers, Invoices, Bill book নত্রগা মরুওইবা Documents মাংখিবা লৈরবস্তু উৎকনি। কান্নদবা

অরানবা ওইরবদি রাহংনচিংবা য়ারিবা মখৈ থাদোক্লবা অমস্তুং ইদবনা ফৈ। মচং ওইবা থবকতগী রিপোর্টতা য়াওবা চুমই। ওডিট নেট অমস্তুং Working paper অসি মতুংদা করিগুম্বা অরানবা থবক্কীদমক মরৈ য়েৎনবা নক্সগা লান্দে হায়না হায়নরকলবা মতমদা ওডিটরনা শন্দোকনা তাকপা ঙমনবগী য়াম্না কান্নরবা খুৎলায়নি। মসিগুম্বা থৌদোক অসি ওডিট তৌখিবা মতুং চহি কয়াদা থোকপা য়াই।

ওডিট তৌবদা তোপ তোপ্পা মচুগী পেন্সিল নক্সগা মুক মচুনা শিজিন্নৈ। হান্না হিসাব শুবদা শিজিন্নবা মুক মচুগা মান্নহল্লোইদবনি। অতুগা পেন্সিলনা হকলিবা মওংস্তু হান্নগা মান্নবা চিংলোইদবনি। অঙ্ক ময়েক লান্না নক্সগা নৈশিন্না ইবা য়াওরমলবদি ওডিটরশিংনা ময়েক শেংনা অমুক ইতুনা তাক্কনি। Trading period তোঙান তোঙানবগী পেন্সিল নক্সগা মুক মচু খেন্নহনবা ফৈ।

---

## ২ শুবা পন্দুপ

# Internal Check

থবক মচা ওইরবদি মপু অমত্তনস্থু মহাক্কী হিসাব অপ্তু মথন্তা লানবা-চুম্বা যেংজবা লাই অমসুং মরক মরক্তা য়েংলগা চত্থিগী ওইবা ওডিট তৌনবস্থু পংলু-লুদে। থবকনা চাওবরবদা মপুংগী পুন্নমক মপুনা লোইনা থংবা অমসুং যেংহৌবা ঙমদবনা মই। অচৌবা Firm গীদি Internal Checking System লৈবা ঙাকনি। ওডিটরনা থবক চংথবদা বযা যাম্না চেক তৌগদবনো হায়বসি Internal Checking System দা যেংলগা থংবা ঙমই। মসিদি ওডিট তৌবা যাম্না খুদোং চাই। কাচিন-পাযা শুনা হেংদ্রবস্থু যাবা মওং লৈ। চাওবাকপা যেংবদা ওডিটরনা চিংনদ্রবা অমসুং অবানবা যাম্না থেংনদ্রবদি Internal Auditor গী রিপোর্ট যেংলগা থবক লোইশিনবা যাওই।

ঐখোয়না মরু ওইবা থংগদবা অমদি ওডিটরনা হিসাব বইশিংদা ইনিবা অত্থু চুমলে হায়বতা নত্তনা হিসাব বইগী বাংমদা ফাওবা যৌনা Check তৌনবগী থবক পাইখৎকদবনি। হিসাব বইশিংদা চংলিবা হিসাব পুন্নমক ওডিট তৌবিবা মতমগী ট্রানজেকসন শুনা ইশিনলি হায়বা যেংগদবনি। করাগুম্বনা Internal Checking System লৈরবদি হিসাব চুমলমগনি নিংতনা চাওকান কানবস্থু য়াওই।

কবিগুম্বা থবক অমগী অহানবা ওডিট তৌবদা থবক মপুগী মত লৌবম্ব য়াওই। লোইনা তৌবা ওডিট নত্রবদি কবিগুম্বা ট্রানজেকসন খরদং খল্লগা তৌবম্ব য়াওনৈ। মসিগী মওংদা ওডিট চংথবা ভারবদি ওডিটবনা য়াম্না চেকশিন্না Partial Verification গী রিপোর্ট পিগনি।

লল্লোনবা মতম অমগী মন্নুংদা মবক মবক্তা ওডিট তৌবগী মওংবু Continuous audit হায়না খংনৈ। মাসি চয়োলগী, থা-মথাইগী নত্রগা থা খুদিংগী তৌবা ওডিটপু খংনৈ।

**কান্নবা ঃ—**

(১) মবক মবক্তা ওডিট তৌবনা অবানবা থুনমক ফাবা অমম্মুং চুমথোকপা ঙমই।

(২) হিসাব শুবিবা কেবাগীশিংম্ম লান্দনবা কন্না হোৎনৈ।

(৩) হিসাব পুন্নমক মতম মতমদা শুজিন্নবা থেংনা হিসব শুবগী রাৎহৌবা, চিথহৌবা অমম্মুং কানখিবা থোক্তে।

(৪) মতম মতমগী হিসাব য়েংনা য়েংনা থবক চৎথখিবনা চত্তি লোইবকপদা নত্রগা মবক্তা Balance Sheet নচিংবা শাবদা পম্মদে।

**Internal Checking System না কান্নবা ঃ—**

লল্লোনবা নত্রগা কবিগুম্বা শেল-থুম শিজ্জিন্নবা সংস্থান অমগী Internal Checking না কান্নবা খবা লৈ।

(ক) থবক তৌবিবা মীশিংনা ফাবা হুমদবা মওংদা Fraud তৌবগী খুদো চাবা ফংদে।

(খ) থবক শুরিবা মীনা পুকচেল শেংদনা নত্রগা লান্না তৌবা হিসাব লাযনা ফাবা ওমই ।

(গ) ওডিট তোযনা তৌববদি হিসাব শুবদা লানখিবা অছু লায়না পুথোকতুনা, হেন্না ফগৎপা মওংদা থুনমক থবক পাইখৎহৌবা যাই । মতুংদা অমুক হন্দনবগী থবক লৌখৎপা ওমই ।

(ঘ) চহি লোইবকপদা ফাইনেল একাউন্ট শাবদা থুদাংচাবা ফংই ।

## FRAUD থিংনবগী মরু ওইবা নিয়মশিং ঃ—

(ক) Business Organisation অমদা মী অমতনা মনিং-মখা তন্না control লৈবোইদবনি । একাউন্ট ডিপার্টমেন্টনা অতোপ্পা ডিপার্টমেন্ট অতৈদগী মনিং-মখা তন্না লৈগনি ।

(খ) থবক তৌবিবা মী খুদিংনক্কী মথৌ অমসুং দাযিত্ব শেংনা তাক্কদবনি । মাত্থ তৌববতদা মাগী মাগী দায লৌগদবনি ।

(গ) ট্রানজেকসন খুদিংমক মা কয়া মরুমদা মথং মথং চ লগা মাগী মবি লৈনবা হিসাব বইদা চংগদবনি ।

(ঘ) হিসাব বই খুদিংমক vouchers অমসুং মক ওইবা দলীলশিং তোঙান তোঙান থাইদোক্কনি অছুগা মরি লৈনবা ফাইলদা হাপচিনগনি ।

(ঙ) কেরাণীনা শুগদবা থবক অছু য়ারিবা মথৈ থবক য়ামদনবা হেৎনগনি অচুগা অচম্বা অমসুং চৎনবা য়াবা মওংদা হোৌদোক্কনি।

---

## ৩ শুবা পন্দুপ

## Voucher

হিসাব বইদা ইবিবা থুমক ট্রানজেকসন অমগী documentary evidence নি হায়বা য়াই। হিসাব যেবা মতমদা ওডিটবনা voucher শিং য়েংলক্নি মসি মথং মনাও নাইনা নিংথিজনা লেংশিন্দুনা থমনৈ। ওডিটবনা মরুওইনা য়েংগদবদি voucher গী তারিখ, voucher পিরকলিবা মী অদুগী মমিং অমসুং কনাদা পান্দুনা ইরকপগে হায়বা অসু শেলশীং মুন্না য়েংগদবা ওই। voucher খুদিংদা ইরিবা মরোলগা ট্রানজেকসন্দা ইরিবা মরোলগা মান্নৈ মান্নদে হায়বসু কুপনা য়েংগদবনি। কনিগুম্বদা vouchers মাংখিবা য়াওই। মাংখিবা থোক্লবদি মবম পিরগা অতোপ্পা list অমা শেমগনি অমসুং দায়িত্ব লৌবা ওম্বা মীওইনা সই তোৌগদবনি। ওডিটবনা vouchers শিং য়েংখৎপদা মরুওইনা কেশবুকতগী হান্না হোৌগনি অমসুং মাসিনা ওডিট তৌবগী অহানবা পুক্লিং চংফম্নি।

## কেশ বুক Vouching :—

মথাগী পিরিবা হৌরমশিং vouching না কান্নবা পি :—

[১] অফংবা শেল অগসুং পিথোকপা শেল পুন্নমক হিসাব চংলে হায়বা।

[২] হাযবিবা অফংবা শেল পুন্নমক অমসুং পিথোকপা শেল পুন্নমক মাগী মাগী মরি লৈনবা, চংফম থোকপা হিসাব বইদা ইশিল্লে হাযবা।

[৩] মৰম চাদনা নত্রগা মীনমহুনা শেল পিথোকপা তৌদে হাযবা।

[৪] হিসাব লোইবদা তাবকপা খুৎতা লৈবা শেল (closing cash balance) অমসুং বেঙ্ক বেলেন্স নচিংবা চুম্না পুথবকই হাযবা।

কেশ বুক যেংবা মতমদা ঐখোযনা চেকশিনগদবদি হুমিৎ খুদিংগী লাকলিবা শেল ( daily cash receipts ) পুন্নমক অহানবদা receipt book তা চংলব্রা য়েংগনি। মাতুগা লোইননা নোংম-নোংম অফংবা শেলগী অপুনবগা কেশ বুকতা ইশিনবগা চানব্রা যেংগদবনি। মাসিদগী হেন্না লুবা অমনা, পিথোকলিবা শেল পুমনমক নিযম চুন্না পিবিব্রা নত্রগা কবম্বা মওংদা payment control তৌবগে খংগদবনি। কনানা cheque সহি তৌবগে হাযবস্যু য়েংগনি। পুমনমক অসি য়েংলকপদা মহুংগী অকায়বা লৈববদি ওডিটবনা শেল পিথোকখিবগী voucher নচিংবা চুমই হাযনা লোলোই অমসুং মাতুগী মরমদা পাওখুম পিবা ঙম্বা মীনা

শুগাইনা ইত্থনা পিগদবনি। মতুংদা তৌদম্বগী মওংসু তাক্লমগদবনি। cheque পিবা মতমদা কনানা সহি তৌবগে য়েংগনি অমসুং Bank account অতু মী অনি নত্রগা অহুমনা operate তৌব্রা য়েংগনি।

## কেশ ট্রানজেকসন

কেশিয়াবনা অফংবা শেল (cash receipts) পুম্নমক নিসিঙ তৌহনলবা অমসুং মতম কক্তনা পাইত্থনা থম্বা যাবগী মওং লৈববদি হিসাব লাম্না শুজিন্দুনা fraud তৌবগী খুদো চাংবা লৌবা যাওই।

শেল ফংবা অমসুং শেল পিথোকপদা মথাগী নিযম শর্সি ঙাক্কদবনি :—

[১] চিঠি লাকপদা দাযিত্ব লৈবা মীনা হাংগনি। Cheque, Bank draft, Postal order নত্রগা crossed তৌবা ওইনা থাহনলক্কনি। অবাকপা cheque পুম্নমক রাখিবা মখৈ থুনমক বেঙ্কতা থাজিনগনি।

[২] শেল নত্রগা cheque হেক ফংবদা রসিদ কক্তুনা ফংলে হায়না খংহনগনি।

[৩] রসিদ বুক পুম্নমক শোং লোনবা উপুদা চেকশিন্না থমগনি। Issue book অমদা মথং মথং পিথোক্কনি। লান্দুনা ককথৎপা নত্রগা শেগাযবনচিংবা মাংহন্দনা রসিদ বুক্তা ফাজিন্দুনা থমগনি।

[ঘ] Cheque ইবগা কেশ বুক শুবা মীগা তোঙান তোঙানবা ফৈ। কেশিয়ারনা কেশ বুক্কী হেন্না অতৈ হিসাব পাইহন্দবা চুমই।

**Cash Sales :**

অচাইবা পোৎ য়োনবা দুকানগী কেশ শোইদনা নিংথিজনা থমনবগী নিয়ম লৈ। অচৌবা ষ্টোরগীদি দুকানগী মী য়াম্না লৈবনা মাগী মাগী মখোী শেংনা শিন্নবগা নিয়ম চুম্না থবক চৎথবা ওমই। পোৎ মখল য়াম্না য়োনবা দুকানগীদি পোৎকা মতুংইন্না নহুগা কাংলুপ কাংলুপকা cash sales কী থবক তোঙানবা য়াই অমসুং খুদক খুদক্তা খংনবগী অনায়বা উপায় লৈ।

[ক] Salesman খুদিংগী লাইনা খংনবা নম্বর নত্রগা ময়েক অমমম লৈগনি। খুদম ওইনা salesman নম্বর অমনা ফি, salesman নম্বর ১ না খোংউপ, নম্বর ৩ না থাদি অমসুং শামতুফুরৎ খংনগনি। মখোই খুদিংমক্কী কেশমেমো বুক অমমম্ পিগনি মাতুগী নম্বর রবর ষ্টাম্পনা নমগনি।

[খ] তোঙান তোঙানবা Department শিনা শিজিন্নবা Cash memo book কী চেংমচু খেৎনবদা নওনা থারিবা নম্বরনা কয়স্পা Dept. নো হায়বা লায়না পুথোকপা ওমই।

[গ] Salesman না শেল লৌশিন্দনা কেশিয়ারনা খুদক খুদক্তা শেল লৌবগী মওং লৈরবদি পোৎ লৈবা মীদা

কেশ মেমোগী কোপি অনি পিরগা, কেশিয়ারদা শেলগা লোইননা পিশিনগনি। শেল লৌরগা কেশ মেমোদা paid না নমলগা পোৎ লৈরিবা মীদা পিথোকলক্কনি। মাহ্রু উৎলগা packing section দগী পোৎ লৌই। মাসিগী নিয়ম অসি য়াম্না চাওবা দুকানশিংদা তৌনৈ। হুমিৎ হুমিৎকী কেশ পুমনমক চুম্বা লানবা য়েংনবদা যাম্না খুদোংচাই। কেশ মেমোশিংগী অপুনবা শেলগী হিসাবশিংগা কেশিয়ারগী শেল অপুনবা ফংবগী হিসাবকা চাননবদি চুমলে হায়না লৌবে অমসুং মতম মতমগী হিসাব চুম্না থম্বা নিয়মনি হায়না লৌবা য়াবে।

[ঘ] হিসাব লৌশিনবা মতমদা sales section না sales statement অমা ইগনি। কেশিয়ারগী sales memo গা চাংদমনরগা কেশ বুক্তা চংগনি।

**Cash Payments :**

কেশ অরাকপদা চেকশিনবগুম, শেল পিথোকপদসু চেকশিনফম থোকপা মরম লৈ।

(ক) য়ারিবা মখে শেল পিবগী থবক অসি cheque ককলগা পিগদবনি। অচোয়বা খরচ মচা মচাদি petty cash তগী চৎনগনি। শেল পিথোকখিবগী রসিদ থমগদবনি। মাহ্রু মথং মনাও নাইনা নম্বর থাগদবনি।

(খ) আফিসতা লৈরিবা কেশ বেলেন্স অসি মরক মরক্তা কেশ বুক্কী বেলেন্সকা চাংদমনগনি অমসুং চুমই হায়না সহি তৌগনি।

(গ) Cheque পুমনমক মী অনি নক্লগা অহুমনা সহি তৌবগী নিয়ম লৈবা ফৈ।

(ঘ) শেল অহু পিখ্রিবা মীগী মিং ( payee ) অহু কেশ বুক্তা চুমনা ইত্রা যেংগনি।

**Petty Cash :**

[১] খবচ মচা মচা চৎপগীদমক তে ঙানলা কেশ বুক অমা থমনৈ মাসিবু Petty cash book হায়না খংনৈ। লুপা খব খাইদে'ক্লগা Petty cashier দা খবচ মচা চৎনবগী থম ন। ম'লনা খবক্তা অপনবা পিদনবনি।

[ ] খবচ খুদিংগী voucher চুমনা থমগনি অহুগা মাগী মাগী column দা ইশিনগনি।

[৩] Petty cash book অহু voucher শিংগা লোইননা থা খুদিংগী যেংগনি।

ওডিট তৌবা মতমদা অচৌবা খবচ petty cash দগী পিদে হায়বা যেংগনি। অহুগা Petty cashire স্তু Impresst cheque নত্তনা অতে প্পা শেল লৌশিনহনলোইদবনি। খবচ পুন্নমক মবম চানা চংই চংদে যেংশিনগনি। Petty cash গী cheque কল্লিবা অহুগা Petty cash book কা চানব্রা যেংগনি। থা খুদিংগী খবচ চৎগ্রগা লেমহৌবা শেল অহুগী মথক্তা Imprest amount অহু যৌনবা হেক হাপচিনগনি। চৎলিবা খবচ পুন্নমক মরম চাই চাদে হায়বসি ওডিটবনা মুন্না য়েংগনি।

## তলব অমসুং কমিসন ঃ—

তলব যেনবগী বইগা অমসুং কমিসন বুক্কা চানবা যেংগনি। তলব লৌবা মী খুদিংমক সহি তৌত্রা যে গদবনি। শেল হেনগৎনা পিবা থোকলবদি মাহ্ৰ চুম্না authorise তৌত্রা যেংগদবনি। ওডিটবনা মবি লৈনবা চে পুন্নমক যেংবা চুসই। কপিংম্বা বিজোলু সন তাবগা হেনগৎপা তলব ওইবদি মবি লৈনবা বিজোলুসন মুন্না যেংগনি। কম্পানীগী ওইবগা Board's minute book অদু যেংগদবনি।

## পোৎ লৈবগী মমল পিবা ঃ—

পোৎ লৈবগী Cash memos অদু ওডিটবনা মুন্না যেংগনি লৈবিবা পুন্নমক চুমনা লৈত্রা যেংগদবনি। পোৎ শোৎতুনা লৈগা শেল পিবদি Purchase invoice অদু যেংগনি। মসিগুম্বা মওংদা শেল পিবদি মবক মবক্তা statement থাবকপা অদু Ledger accounts গা চাং তমনদুনা যেংলগা দাযিত্ব লৈবা ওফিসাবনা payment অদু pass তৌই তৌদে হায়বসি ওডিটনা যেংশিনগনি।

**Bank Charges :**

হৌজিক্তি বেঙ্কতা একাউন্ট হা দোক্তুনা শেল থমনবনা নমলে। লল্লোনবা কাংবু অমসুং ক্লবন চিংবস্তু বেঙ্কতা শেল থমনৈ মাহ্ৰগী Bank charges কেশবুক্তা ইশিনগনি। মাসি Bank pass book কা যেংগনি।

# ৪ শুবা পন্দুপ

# কেশ বুক্কী পোষ্টিং তৌবা

কেশ বুক ইরিবা হিসাবশিং য়েংলবা মতুংদা ওডিটরনা পোষ্টিংনচিংবা শুগায়না য়েংগনি। কেশবুক্কী Debit side তা লৈবা আইটেমশিং অতোপ্পা মরি লৈনবা হিসাব বইগী credit মাইকৈদা য়েংগনি। অতুগুম্বা কেশ বুক্কী credit মাইকৈদগীনা একাউণ্ট অতৈগী debit তা য়েংগনি। আইটেম খুদিংমক Ledger accounts শিংদা চুমনা চংলে হায়বা য়েংগনি।

**INVOICE :**

Invoice হায়বসি পোৎ যোম্বোকপদা পিখিবা অমসুং পোৎ লৈশিনবদা মীনা থারকপা মখল অনি গুই। Invoice চেক তৌবদা মখাগী হিরম খর অসি চেকশিনগনি :—

(১) Invoice অদু client অদুগী মিংদা শেমই।

(২) Invoice খুদিংদা পোৎ ফংলে হায়না সহি তৌব্রা, রেট চুমনব্রা, অদুগা শেল পিথোকপগী মতিকচাব। মানা pay order তৌব্রা।

[৩] Invoice কী তারিখ অদু লল্লোনলিবা মতমগী মতুংদা তারিব্রা।

[৪] Creditor গী মমিং Purchase Journal দা চুমনা ইব্রা অমসুং trade discount ককথংলগা অতাবী শেলশিংদা ইব্রা।

[৫] Invoice খুদিংমক ষ্টাম্প নম্বা নত্রগা ওডিটরনা সহি তৌবত্রা।

লৈরুবা পোৎশিংগী অচুম চুমদা Invoice গা চাংদম্নহ্না যেংবসি ওডিটরগী মরু ওইবা মথৌনি। মসিদা মানা য়েংবদা অচুম্বগী খুদম ফংলবদি ট্রানজেকসন অহু লান্দনা অমসুং শেংনা চৎথরে হায়না লৌবা য়ারে। ওডিটবনা Goods Inward Book মুন্না য়েংগদবনি। মাসিগা লে যননা Invoice file অহুসু য়েংগনি। অহুগা purchase book চেক তৌবদা ওডিটবনা চেকশিনগদবদি হায়বিবা পোৎশক অমতবু অনিনক হন্না লৈকবগী মও দা ইশিনলব্রা য়েংবনি। purchase invoice য়েংলবা মতুংদা ওডিটরনা purchase journal শিং posting তৌবা য়েংগদবনি।

**Sales Journal :**

Credit sales গী মতাংদা ওডিটবনা outward invoice মুন্না য়েংগনি। পোৎ চেল্লকপগী মওং অমসুং পোৎ থাদোকখিবগী নিযম মু্ৱা থংবা তাই। হিসাব লোইশিনলমদাই চয়োল খরগী মমাংগী Sales Book অমসুং Returns Inwards Book তশেংনা য়েংগনি। চহি লোইরমদাইদা পোৎ য়াম্না য়োনবা থেংনববদি পোৎ অমতা closing stock পাইখৎপদা অমুক হন্না ইত্রে হায়বসি ওডিটরনা মুন্না য়েংগদবা ওই।

**Bill Receivable Book :**

বই অসিদা ইরিবা বিল পুন্নমক ওডিটরনা কুপনা য়েংগনি। বিলশিং posting তৌবা য়েংগদবনি। Ledger দা লৈবা Bills

receivable গী বেলেন্সকা খুত্তা লৈবা unmatured bills গী মুট অতুম্সু মায়ৈ মান্নদে হায়বা য়েংশিনগদবনি।

**Bill Payable Book :**

বই অসিদা উৎলিবা mature ওইদ্রিবা বিলশিংগী মুটকা Ledger দা উৎলিবা bills payable account কী credit বেলেন্সকা মান্নৈ হায়বসি ওডিটবনা যেংগনি।

মখল মখা অয়াম্বা বইশি গী vouching লোইনা য়েংলবা মতুংদা ওডিটবনা অরুবা থবক খব পাইখৎপা য়ারে। মতুদি General ledger চেক তৌবা, Profit and loss account অমসুং Balance sheet নচিংবা য়াম্না কুপনা ওডিটরনা য়েংগদবনি।

---

## ৫ শুবা পন্দুপ
# General Ledger

Subsidiary books অয়াম্বগী posting য়েংলবা মতুংদা ledger দগী লৌখৎলিবা Trial Balance তা উৎলিবা পুমনমক চুমই চুমদে যেংবনি। General Ledger হায়বসি Balance sheet শানবগী মচাক পুমনমক ফংনবা পুক্কি অমনি হায়বা য়াই। মাসি চেক তৌবদা ওডিটবনা য়াম্না হৈ-শিংবা, চেকশিনবা মওং লৈগনি। চেকশিনগদবা রাফম অমনা Assets অমসুং Liabilities গী

opening বেলেন্স চুননা পুথোকলকপ্রা য়েংবনি। মাসিগুমনা closing balance শাবদা পুথোকপ্রা অমসুং মাখোয়শিং Balance sheet তা য়াওরব্রা হায়বনি।

**Trial Balance :**

Trial balance শাবদা ফল তাদ্রবদি ওডিটবনা নখা হিরম খরসি য়েংলগা অশোয়বা ফাবা য়াই।

(ক) Debtors অমসুং craditors গী লিষ্ট অদু যে গনি অদুগা Personal অমসুং Impersonal ledger দগী পুথবকপা বেলেন্সশিং চুমই, চুমদে যেংগনি।

(খ) শোইনরিবা শেলশিং অদু ট্রাইয়েল বেলেন্সকী শাবিবা অদুদা য়াওবব্রা যেংগনি। কপিগুম্বা অনিবক হন্না ইথুনা শোইবসু লৈ।

(গ) শেল চাওনা শোইনবা ওইববদি হৌখিবা চহিগী Trial balance গা চাংদমনগনি।

(ঘ) শেল মচেৎ তাদনা খেন্নবা ওইববদি তিনশিনবদা নত্রগা ledger book তগী বেলেন্স পুরকপদা মপুম ওইনা চিৎথবা ওইরমগনি।

(ঙ) Subsidiary books দগী মবক মবক্তা posting তৌবদা লানথব্রা হায়না য়েংবা চুমই।

(চ) Opening balance অদু চুমনা পুবকই হায়বসু য়েংগদবনি।

(ছ) পুম্নমক য়েংলবা ফাওবদা, অশোয়বা ফাবা ওমদ্রবদি posting অমসুং তিনশিনবদু অমুক হন্না মকোক্তগী হৌদুনা য়েংবা তাই।

**Final Accounts :**

ট্রায়েল বেলেন্সগী অচুম-চুমদা য়েংবা লোইরগা ওডিটরনা P&L a/c য়েংবা হৌগনি। মাসিদা চংলকলিবা খরচ পুমনমক অমসুং আয় পুমনমক চুন্না লৌখৎলে য়েংগনি।

**Trading Accounts :**

Trading account দি পোৎ লৈরুবা অমসুং য়েন্থোকখিবগী মমল অমসুং চহি লোইবদা লেমহৌবা Closing stock শিংদা ইগনি। অতগা Direct charge হায়বদি ভারা, Insurance, duties নচিংবগুম্বতা য়াওগনি।

**Purchase :**

শেল পিদ্না অমসুং শোৎতুনা লৈরুবা পোৎ পুমনমক, হায়রিবা মতম অতদা অমুক য়োন্থোকনবা লৈরুবা পোৎ মখৈদি য়াওগনি। ওডিটরনা য়েংগদবদি লৈরুরিবা পোৎ খুদিংমক Purchase book তা চংলত্রা অতগা লেমহৌরিবা পোৎশিং Closing stock তা পাংখৎলত্রা হায়বা য়েংগনি। Invoice সু মতাং অসিদা য়েংগনি।

**Freight, Carriage & Cartage :**

পোৎ চংলকপদা চৎপা খরচ পুম্নমক direct charge ওইবনা পোৎকী মমল হেনগৎফম থোকই। মাসি মুন্না য়েংশিন্নগনি। য়োন্থোকখিবদা চৎখিবা খরচতি মাসিদা য়াওহনলোই।

**Sales :**

মাসিদা-শেল পিরগা পোৎ লৈখিবা অমসুং শেল শোৎতুনা (credit) লৈখিবা পোৎ পুমনমক য়াওগনি। হায়বদি cash sales

অমসুং credit sales পুন্না পাগনি। মাসিদা য়েংগদবদি যোনথোকখ্রবা পোৎকী হিসাব closing stock পাবদা য়াওই যাওদে অসিনি।

**Dock Dues অমসুং Clearing Charges :**

পোৎ লৈরুবগী খবচনা Trading account দা চংগনি অদুগা পোৎ যোনবদা চংখিবা খবচ লৈহবগা Profit and loss account দা য়াওগনি।

## TRADING ACCOUNT

FOR THE YEAR ENDED .

| Dr. | | Cr. | |
|---|---|---|---|
| To Stock opening Rs | .... | By sales. .......... Rs | ........ |
| „ Purchase | ... | „ Less returns | ... |
| „ Less returns | ... | „ Closing stock | .... |
| „ Freight | .... | | |
| „ Duty | ... | | |
| „ Carriage inwards | ... | | |
| „ Gross profit | .... | | |
| Rs... | .... | Rs........ | |

**Stock In Trade :**

Closing stock লৌখৎপসি ওডিটবনা মুন্না য়েংফম থোকপনি। মাসি চুমনা লৌখৎপনা অতোংবা নত্রগা অমাংবা পাবদা যান্না মতেং পাংই।

**Stock-in-trade should be valued at cost or market price whichever is the lower at the date of stock taking.**

ওডিটবনা Stock sheet য়েংগনি অমসুং আইটেম খবগী মমল অড় Invoice বা লৌইনবা য়েংগনি। যান্না চেকশিনগদবা অমনা sales book তা ইবিবা পোৎশিং যাওশিনদ্রে অড়ুগা stock ও লৌখৎলিবা পুন্নমক Purchase book তা চংলে হায়বা য়েংগনি। অবোইবদা Stock sheet অড়ু চুমলে হায়না Partners নত্রগা মেনেজরনা নত্রগা মেনেজিং ডাইরেক্টরনা সহি তৌই হায়বা য়েংগনি।

**Profit and Loss Account :**

একাউন্ট অসিদা চংলকলিবা আইটেমশিং মুন্না য়েংগদবনি। খরচকী আইটেমশিং মতম অমগী মতুংদা থবক অড়ুগা মরি লৈনবা খরচ চাকতনি য়েংগনি। মাড়ুগুন্না আযশিংসু য়েংগনি। Profit and loss account শাবগী থাক্ষেংশেংবা উদ্দেশ্যদি অকুবনবা মতম অমগী মতুংদা Net profit নত্রগা Net loss চুমনা পুথোকপনি। মতাং অসিদা Capital গা Revenue গা খেন্নবা য়েংগনি। হান্না পিথোকখিবা খরচ (Prepaid expense) নত্রগা

হান্না ফংবা আয়শিং ( income received in advance ) চুম্না পারে হায়বস্থ য়েংগনি। **Outstanding liabilities** পুন্নমকস্থ চুম্না পারে হায়বা য়েংগনি। মাতুদি—টেলিফোনগী খবচ **advance payment** তৌবা ঙাকনি। **P & L a/c** শাবিবা মতমগী খরচত-মক পারে হায়বসি য়েংগনি।

**PROFIT AND LOSS ACCOUNT**
FOR THE YEAR ENDED

| Dr. | | Cr. | |
|---|---|---|---|
| To Salaries | Rs ....... | By gross profit | Rs...... ... |
| ,, Rent & Taxes.... | .... | ,, Cash discount received | ... |
| ,, Printing & stationery | .... | ,, Interest on money deposit | ... |
| ,, Telephone charges | .... | ,, Income from any other sources | .... |
| ,, Audit fee | . . | | |
| ,, Light charge | . .. | | |
| ,, Advertising | .... | | |
| ,, Carries outward | .... | | |
| ,, Packing charges | .... | | |
| ,, Travellers' salaries | .... | | |
| ,, Expenses & commission | .... | | |
| ,, Cost of samples | .... | | |
| ,, Drepreciation | .... | | |
| ,, Net profit | ... | | |
| | Rs .. .... | | Rs ........... |

## ৬ শুবা পন্দুপ

# Balance Sheet

ইরোই লোইবদা ওডিটরনা চেকশিন্না য়েংগদবা Balance sheet অসিনি। করিগুম্বা লল্লোনবা অমগী অশেংবা assets ১স্তুং Liabilities না Balance sheet তা চুম্না পুখৎলগা financial position অশেংবা তাকপা ঙম্বনা assets অমস্তুং Liabilities পুম্নমক চেকশিন্না মমল লেপ্পনি। Assets কী মমল লেপ্পদা Over valuation নত্রগা Under valuation নত্রগা Liabilities হুন্দোকলম্বদা শেন্দোং য়াম্না থিনা শোকই। মাসিগী মতাংদা ওডিটরনা য়াম্না চেকশিন্না য়েংলবদি Balance sheet চুমনা শারে অমস্তুং লল্লোনবগী State of affairs নিংথিজনা উৎলে হায়বা ঙমই।

### BALANCE SHEET
AS ON .......

| Liabilities | | Assets | |
|---|---|---|---|
| Capital.... | Rs......... | Cash in hand | Rs,........ |
| Sundry creditors | . .. | Cash at bank | . .• |
| Loan | .... | Investment | |
| Bills payable | .... | Sundry Debtors | .... |
| Outstanding liabilities for expenses .... | .... | Bills receivable | ... |
| | | Loose tools | . |
| | | Land | .... |
| Net profit | .... | Plant & Machinery | .... |
| | | Furniture | .... |
| | | Building | ... |
| | | Stock in trade | ... |
| | | Good will | .... |
| | Rs........ | | Rs......... |

# PUBLIC COMPANY

## সিয়ার কেপিটেল

লিমিটেড কোম্পানীগী সিযাব কেপিটেল অসি তনৌবা এক্টকী মতুং ইন্না অনি থোন্না থাইদোকই মতুংদি Ordinary share capital অমসুং preference share capital, মাসি নত্তবা সিযাব কেপিটেল অতৈদি লৈবা যাহন্দ্রে।

Ordinary share capital লৈবা মেম্বর খুদিংমক কোম্পনীগী মিজোল্লুসন খুদি খন্নবদা ভোট থাদবগী অধিকাব লৈ। মহাক্কী ভোটিংগী অধিকাব অসি কোম্পানীগী Ordinary share capital গী চাদা লেপ্পবনি। অদুগা preference share holders শিংদি মাখোইগী preference share গী বাযনগা মবি লৈনবা মিজোল্লুসন্দতা ভোট পিবগী অধিকাব লৈগনি।

**Dividends :**

কোম্পানীগী শেন্দোং লৈববা মতমদতা সিযাব হোল্ডবশিংগী dividend পিগনি। মথাগী মীওইশিংবু কোম্পানীগী ওডিটব ওইনা খনবা যাদে —

(ক) A body corporate

(খ) কোমপানীগী অফিসাব নত্রগা থবক তৌবা মীওই।

(গ) কোমপানীগী লুপা ১০০০ দগী হেন্না তোনবা মী।

(ঘ) কোমপানীগী Managing Agent ওইবা নত্রগা firm অমগী Director ওইবা মী।

কোম্পানীগী হিসাবকী বইশিং কোমপানীগী ওডিটরনা মতম পুন্নমক্তা য়েংবগী খুদোংচাবা পিগদবনি। কোমপানীগী অফিসার পুন্নমক ওডিটবনা তানবা অমসুং হংলকপা ঈ-পাউ পুন্নমক পিগদবনি। ওডিটরগী রিপোর্ট অসি কোমপানীগী চহিগী জেনেরেল মিটিংদা পাথোক্কনি অমসুং মেম্বর খুদিংনা যেংবা য়াগদবনি।

কোমপানীগী চহিগী জেনেরেল মিটিং দা ওডিটর খনগদবনি। হুমিৎ তারেৎনিগী মনুংদা ওডিটর হাপলে হায়না পাও পিগদবনি। হুমিৎ ৩০ নিগী মনুংদা কোমপানীগী ওডিটর ওইবা য়ানিংলে নত্রগা য়ানিংদে হায়বা মরোল Registrar দা ইহুনা থংহনগদবনি।

মতৌশানা কোমপানীগী ওডিট হৌদ্রিঙেদা ওডিটরনা সেক্রেটরীদগী হিসাব বইশিংগী মমিংনচিংবা লৌগনি। মাহুগী মতুংদা থবক হৌগনি। Memorandum অমসুং Articles of Association, prospectus অমসুং contracts নচিংবা য়াম্না চেকশিন্না পাগনি।

**Statutory Report :**

লিমিটেড কোমপানী খুদিংমক থবক হৌবা য়ারে হায়বা হুমিৎতগী থা ১ দগী তাদনা অমসুং থা ৬ তগী হেন্দবা মতমদা মিটিং অমা কৌগনি। মাহুবু Statutory Meeting হায়না খংনগনি। মিটিং তৌগদবা হুমিৎ ২১ নিগী মমাংদা Board of Directors শিংনা মেম্বরশিংদা রিপোর্ট অমা পিগনি মাহুদা য়ামদ্রবদা Director অনিনা চুমলে হায়না সহি তৌগনি।

## বেলেন্স সিট ওডিট তৌবা ঃ—

পব্লীক কোমপানীগী অহানবা চহিগী ওডিট তৌবসি ওডিটরনা য়াম্না চেকশিন্না য়েংলগা অশেংবা রিপোর্ট অদু সিয়ার হোল্ডরশিংদা পিনবা তৌগদবনি। Fixed assets কী আইটেমশিং পুন্নমক য়াম্না চেকশিন্না য়েংগনি। Liabilities আইটেমশিংবু মুন্না য়েংলগা আইটেম চিৎথদ্রে অমস্তুং মমল হম্বনঃ পাদ্রে হায়বসি ওডিটব মশানা পেন্নবা তৌগদবনি।

**Valuation of Assets :**

কোমপানীগী Assets কী মমল লেপ্পগী মতাংদা মত তোঙান তোঙান পিবা য়াওই। কনাগুম্বনা assets কী মমল লেপ্পসি assets শিং অদু য়োনবা তাববদা ফংবা য়াবা শেল অদুদা চুমই হায়না লৌনদে। বেলেন্স সিট শাবদা asset কী মমল চুমনা লেপ্পা হায়বসি য়াম্না মরুওইবা থবক ওইবনা ওডিটরনা মাসিগী মতাংদা চেকশিনগনি। ময়াম্না চুমলে হায়না য়ানববা নিতিগী মতুংইন্না লেপ্লবা asset না বেলেন্স সিটতা য়াওববদি আইনগী মতুংইন্না মরম চানা শাববা Balance sheet নি হায়বা য়ারে।

**Stock In Trade :**

লল্লোনবগী শেন্দোং চুম্না পুথোক্লবগীদমক চহিগী মমৈদা লৈবা Closing stock গী valuation চুম্না তৌবনি। Asset কী মমল চুম্না পুথোকপসি ওডিটবগী মরু ওইবা মথৌনি। মুন্না থিজিন্দনা Trading Account গী ফলদগী চুমলে হায়না certify তৌরবদি ওডিটর অমনা মহাক্কী তৌফম থোকপা মথৌ পাংথোকত্রে

হায়বা য়াই। ওডিটরনা পোৎ খুদিংমক পাইদুনা value লেপকদবগী রাফম নত্তে। মাহাক্না য়েংবা য়াব খর য়েংলগা নিয়ম কাইদবা ফংলবদি মাহাক্না পেল্লে হায়না certify তৌই।

---

## ৭ শুবা পন্দুপ

# ওডিটরনা য়েংশিনগদবা খর

(১) Stock-taking গী মওং অমসুং মমল লেপলিবা নিয়ম য়েংশিনগনি।

(২) মমল পাবা অমসুং শেল তিনশিন্নবা চুম্বা য়েংগদবনি।

(৩) আইটেম খর খনগৎলবা Invoice কা চাংদয়দুনা য়েংগনি।

(৪) হৌখিবা চহিদা লেপ্পা মওংগা মান্নবা মমলদা চহি অদুগীসু লেপই লেপতে য়েংগনি। চহি অদুগী gross profit কা হৌখিবা চহিগী শেন্দোংগা চাংদমদুনা য়েংগনি।

(৫) পোৎ যোন্থোকখ্রগা পোৎতি Deliver তৌদ্রিবা অমসুং পোৎ লৈরুবিবশিং Invoice Book তা চংলব্রা হায়বা য়েংগদবনি।

(৬) Consignment দা থাখিবা পোৎকী মশিং চাং অমসুং মমল মুন্না য়েংগনি।

(৭) থম্বদা মশা শোরুবা পোৎ অমসুং যোন্থোকপা রাবগদবা পোৎশকশিংগী চাং লেপকনি।

(৮) পোৎ শাবদা মপুং ফানা লোইদ্রিবগী (unfinished goods) মমল লেপই লেপতে হায়বা য়েংগনি।

চহি লোইবদা stock-taking গী মমল অসি লৈরুবা মমলদগী হেন্না লেপ্পদে। করিগুম্বদা বাজার দরনা লৈরুবা মমলদগী হন্থনা লৈরবদি, বাজার দর ফাওবা মমল লেপনৈ। মথক্তা হায়রিবা নিয়ম অসি চৎনদবা পোৎ খরদি লৈ মতুদি য়ু লল্লোনবা, উ লল্লোনবা অসিনচিংবা। হায়রিবা পোৎশক খর অসিদি, চহি খুদিংগী মমল হেনগৎলকপনা পোৎকী Original cost তা মরম-চাবা percentage খর হাপ্লগা valuation তৌনৈ।

**খবর কাগজ, মেগাজিন অমসুং লাইরিকনচিংবা ফোংবা ফার্মশিংগী ওডিট তৌবদা য়েংশিনগদবা খর ঃ—**

[১] Subscription অমসুং Advertisement গী রসিদ বুক চেক তৌগনি।

[২] খবর কাগজ য়োনবা এজেন্টনচিংবদা থাখিবা মশিং অমসুং যোন্দবা মশিং হঞ্জিলকপা মুন্না চেক তৌহ্নবা য়েংগনি।

[৩] Advance লৌশিনবগী হিসাব য়েংগনি।

[৪] লাইরিক ইবশিংগা ইনবা agreement য়েংগনি।

[৫] য়োন্দ্রিবা লাইরিক পুন্নমক মমলদগী হেন্না লেপলোইদবনি ১সুং ফোংলিবা লাইরিকনা য়োনবা ঙমদনা লৈরবদি মমল হন্থনা লেপকনি।

[৬] খবরগী অমসুং Journal গী Contributors গী পিখিবা শেল অহু মখোইনা শেল ফংলে হায়না পিরকপা রসিদকা চাংদমনহ্নবা য়েংগনি।

[৭] ব্লোক অমসুং Types কী মমল লেপ্পগী মওং য়েংগনি।

[৮] ছাপা নম্বগী মেচিন অহ্ চামদা ৭২ৗ গী হিংদা Depreciate তৌগনি। অহুগা ময়েকনচিংবনা চামদা ৩৫ৗ গী হিংদা তৌগনি।

[৯] Copy rights চহি চহিগী হন্না value লেপকনি। য়োন্দবা লাইরিক পুন্নমক sales account তা চল্লি-চন্দে য়েংগদবনি।

[১০] তারিবা ময়েক অমসুং চে মচেৎ, লাইরিকনচিংবা য়োনবগী মমলশিং হিসাব বুক্তা চংলে অমসুং চুন্না সার্টিফাইড তৌরে হায়বা য়েংশিনগনি।

[১১] Goods account দা দরবার লৈতবা আইটেমশিং য়াওই য়াওদে য়েংগনি।

## ক্লবশিং ঃ—

[১] ক্লবকি নিয়মবালী অমসুং রিজোলুসননচিংবা মুন্না পাগনি।

[১] Entrance fees অমসুং মেম্বরগী Subscriptions নচিংবা রসিদ বুক্কী লমায় মচেৎকা য়েংনগনি। Subscription Register দা ইরিবা পুন্নমক্কী অপুনবা শেলগা কেশবুক্কী অচংবা শেলগা য়েংনগনি।

[৩] Subscription পিদ্রিবা মেম্বরশিংগী লিষ্ট য়েংগনি।

[৪] ক্লবকী লৈরিবা পোৎচৈগী stock sheet কমিটিনা নল্লগা তৌফম থোকপা মীনা সার্টিফাইড তৌরে হায়বা য়েংগনি।

[৫] কমিটিগী রিজোলুসননচিংবা মুন্না য়েংলগা খরচ পুন্নমক চুন্না তৌরে হায়বা য়েংগনি।

[৬] চহিগী হিসাব পুন্নমক্কী Receipts & payments account শাব্রা য়েংগনি। স্লবকী মাল-চা°, ফণ্ড অমসুং assets পুন্নমক চুমই-চুমদে য়েংগনি।

[৭] উপু, খুৎশু-খুৎলাই, য়ুমনচিংবা assets শিং মরম চানা depreciate তৌরে হায়বা য়েংগনি।

## স্কুলনচিংবা ওডিট তৌবদা য়েংগদবা খর ঃ

[১] স্কুলগী নিয়মাবালী ওডিটরনা মুন্না পাগনি। মেনেজিং কমিটি নত্রগা গভর্নিং বোডিগী রিজোলুসন পুন্নমক যাম্না মুন্না ওডিটবনা পাগনি। অদুগা হিসাবকা মরি লৈনবা পুন্নমক চুম্না পাংথোক্লে হায়বা য়েংগনি।

[২] ছাত্রগী রেজিষ্টারগা ফিস ( fees ) কারকপগা য়েংগনি অমসুং রসিদবুক্কী লমায়গা কেশবুক্কা য়েংগনি।

[৩] মিং চনবগী শেল, ফিস তানা লৌবা অমসুং মিংচনশেলনচিংবা ফিস থোকপা পুন্নমক কমিটিগী রিজোলুসন তাড়না লৈ হায়বা য়েংগনি।

(৪) খরচ পুন্নমক মরম চানা কমিটিনা য়ানা তৌই হায়বা য়েংগনি।

(৫) স্কুলগী ওঝাশিংগী তলব হেনগৎপনচিংবা কুপ্না য়েংগনি।

(৬) স্কুল শঙ্নচিংবা শাবগী খরচ পুন্নমক মেনেজিং কমিটিগী রিজোলুসন তাবগা সেক্রেটরী নত্রগা Building construction Sub-Committee না পাংথোকপ্রা য়েংগনি।

(৭) স্কুলদা দাণনচিংবা তৌরকপা ফণ্ড মুন্না য়েংগনি। দাণনচিংবা কৎলকপা শেল অদু specified purpose গী শিজিন্নব্রা হায়বসি ওডিটরনা য়েংগনি।

(৮) কনাগুম্বা দান তৌবশিংনা অককনবা থবক্কী ( specific purpose ) দাণ তৌবকপা শেল অদু অতোপ্পা থবক্তা শিজিন্নবা থোক্লবদি ওডিটরনা মাদু মাগী রিপোর্টতা শেংনা ইত্তনা তাক্কনি। অদুগা শিজিন্নখিবগী মরমসু শুগায়না হংগনি।

(৯) Grants-in-aid নচিংবা Govt. দগী ফংলবদি মদু মুন্না য়েংগনি।

(১০) Assets অমসুং Liabilities পুম্নমক য়াম্না চুম্না Balance Sheet তা পুখৎলে হায়বা য়েংগনি।

(১১) ওডিট তৌবগী মতম মনুংদা কবিগুম্বা Capital expenditure গী খরচ তৌববদি মাদু ওডিটরনা কমিটিগী রিজোলুসনগা verify তৌগনি।

## হোটেলগী ওডিট তৌবগী মরম ঃ—

১। Internal Check লৈব্রা য়েংগনি। কেশ রসিদ অমসুং waiters শিংগী হিসাবকা অমসুং কেশিয়ারনা পিবা শেলগী হিসাবকা মান্নব্রা য়েংগনি।

২। রসিদ বুক অমসুং কেশ বুক য়েংগনি হুমিৎ খুদিংগী ফংলকপা অমসুং চৎখিবা হিসাবকী তোঙানবা statement লৈরবদি মাদুগা কেশ বুক্কা চানব্রা য়েংগনি।

৩। কেশ মেমোনচিংবা মগ মনাও নাইনা পিথোকপা ১স্তুং মরক মরক্তা চেক তৌরা য়েংগনি।

৪। Purchase invoice চুন্না থমই অমসুং revenue charge অমতা Capital account দা চংদে হাযবসু য়েংগনি।

৫। থবক শুবগী পিবা মমল অমং তলবনচিংবা বীল নিংথিজনা শাবগা পী হায়বা য়েংগনি।

৬। হোটেলগী ষ্টোক নিংথিনা পাখংলি হায়বা য়েংগনি।

৭। মুন শেম্বগী নত্রগা decoration গী খরচ চাওনা তৌবা শুইববদি নাঙ চহি ১ নত্রগা শুহনদা মেম্বোরগী খরচ পাগনি।

৮। Capital expenditure পুন্নমক থুপ্পা য়েংগনি।

৯। Assets শিং মতিক চানা depreciate তৌরে হায়বা য়েংগনি।

শুডিটবনা হিসাব পুন্নমক য়েংলগা পোন্নবা মতমদা Balance Sheet কা মখদা পিকম থে কপা রিপোর্ট ইদুনা পিগা মাত্তবু Auditor's Report হায়না খঙৈ।

মখাদা খুদম পিবি ঃ—

To the Members,

I/We have audited the balance sheet of...... .... ... . ...... . . . as at 31 st March 1970, and also the attached profit & loss account of the.. . . ... . . ........... for the year ended on that date and report that :—

[i] I/We have obtained all the information and explanations which to the best of my/our knowledge and belief were necessary for the Purpose of my/our audit.

[ii] In my/our opinion proper books of accounts as required by law have been kept by the ........................so far as appears from my/our examination of the books.

[iii] The Balance sheet and profit & loss account draft with by the report are in agreement with the books of account.

Auditors

Date .... ... .. ..... ..............................

## ওডিট তৌবদা য়েংগদবা মরু ওইবা খরা

**(a) PURCHASE BOOK ওডিট তৌবদা ঃ—**

১। Inward invoice তগী entries পুন্নমক মুন্না য়েংগনি—
[ক] তারিখ, [খ] পোৎ য়োল্লকপা মীগী মিং, [গ] শেলশিং।

২। Purchase Book কী ভর্নিশন্নবা ফল।

৩। Entry অমতা চিংথদনা চংলে হায়বা।

৪। মাংখিবা Invoice অমসুং Duplicate ফংবশিং।

৫। Suppliers গী personal A/C গী credit posting শিং য়েংশিনগনি।

৬। Invoice খুদিংমক মথং-মনাও নাইনা নম্বর পান্দুনা থমই হায়বা।

## SALES BOOK ওডিট তৌবদা :—

১। Outward Invoice কী entries পুমননক চেকশিন্না য়েংগনি।

২। শেল তিনশিনবা চুম্বা য়েংগনি।

৩। Outward Invoice মাংখিবা থোকলবদি মাহ্নগী মশিং।

৪। Entry অমতা ইশিন্দবা য়াওদে।

৫। Customer গী personal A/C গী debit তা posting তৌবা য়েংগনি।

৬। Sales Invoice পুমনমক মথং মনাও নাইনা নম্বর পান্দুনা থমই থমদে য়েংগনি।

৭। Invoice খুদিংমক তৌফম থোকপা মীওইনা সহি তৌই হায়বস্থ য়েংগনি।

# কেশ বুক চেক তৌবদা

## (ক) কেশ ফংলকপদা :—

১। ফংলকপা শেল পুন্নমক কেশ বুক্কী লমাইদা চংলে হায়বা য়েংগনি।

২। Cash sales দি Cash memo গা চানবা য়েংগনি।

৩। Debtors শিংদগী ফংলকপা শেলদি Receipt book কী counterfoil গা চানবা য়েংগনি।

৪। কমিসননচিংবা ফংলকপন্সু মাতুগা মরি লৈনবা statement গা চানব্রা যেংগনি।

## শেল পিথোকপদা :—

১। শেল পিথোকপা পুম্নমক তাবিখ, মমিং ১স্নুং শেলশিং চুম্ব্রা য়েংগনি।

২। Payments গী মবি লৈনবা হিসাব যেংগনি মাতুদি :—

(ক) থবক শুবগী পিখিবা ওইরগা wages sheets।

(খ) তলবকীনা salaries book

(গ) Devidends ওইরগা Devidend Warrants যেংগনি।

(ঘ) Hire-purchase payments ওইরগা মতুগী agreements যেংগনি।

(ঙ) Partner firm দগী শেল লৌথোকপা ওইবগা Drawing book কা চানব্রা য়েংগনি।

(চ) Bank charge অমস্নুং Interest ওইরগনা Pass book তা যেংগনি।

## PPETTY CASH TRANSACTION চেক তৌবদা :—

১। কেশ বুককী Inprest cheque য়েংগনি।

২। পিথোকখিবা থরচ পুম্নমক voucher লৈব্রা য়েংগনি।

৩। কলম কলমগী তিনশিনবা চুম্ব্রা য়েংগনি।

৪। অবানবা পুম্নমক পুথোকনি।

৫। Voucher মাংখিবা লৈববদি মাতুগী মশিং ইথংকনি।

## STOCK-IN-TRADE চেক তৌবদা

[ক] Stock কী মমল লেপ্পগী মওং অমসুং stock certificate য়েংগনি।

[খ] Stock sheet কী তিনশিনবা য়েংগনি।

[গ] পোৎ খরগী মমল অদু Original invoice তা ইবা মমলগা চুমনব্রা য়েংগনি।

[ঘ] পোৎকী মমল লেপ্পগী নিয়ম অদু চুম্বা নত্রগা মরম চাব্রা য়েংগনি।

[ঙ] Sales book তা ইশিনখ্রবা পোৎকী মমল অমুক হন্না পাশিনব্রা য়েংগনি।

[চ] Bonded warehouse গুম্বদা লৈরিবা পোৎশিংগী মমল মরি লৈনবা document শিংগা য়েংনগনি।

[ছ] Branch য়াম্না লৈবা firm গী পোৎশিং অয়োনবা মমলদা পোৎ থাখ্রবদি মমল লেপ্পা মতমদা লৈরুবা মমলদা [ cost price ] লেপকনি।

[জ] Stock কী Market price না লৈরুবা মমল হায়বদি cost price তগী হন্থখ্রবদি stock কী মমল অদু অতাবা মমল Market price তা লেপকনি।

[ঝ] শোকলবা, শিজিন্নবা য়াত্রবা পোৎকী মমলদি পোৎ অদু য়োঙ্খোকপদা শিৎপা য়াবা মমলদা ( realisable price ) লেপকনি।

"The valuation of stock-in-trade should be made on the basis of cost or market price whichever is the lower."—মসি কাওরোইদবা রাক্মনি।

**FINISHED PRODUCTS :**

১। করিগুম্বা পোৎ অমা শাবগী অচংবা মমল—Cost of Manufacture অদু করম্না পুথোকপগে য়েংগনি।

২। পোৎকী actual cost অদু শেন্দোং হাপ্নোইদবনি।

৩। থবক পুরিবা Secretary, Manager নত্রগা Director দগী পোৎকী মমল চুম্না লেপলে হায়বগী certificate অমা লৌগনি।

**RESERVE FUND :**

কোম্পানী খরদি Articles of Association মা য়াবা মতুংইন্না করিগুম্বা শেল খরা নত্রগা শেন্দোংগী [ Net profit ] চামগী হিংদা পাবা চাং অমদা Reserve fund দা credit তৌনৈ। মাসি চহি খুদিংগী শেন্দোং য়েম্থোকত্রিঙৈদা হান্না থাকহোগদবনি।

Fixed asset কী মমল [ value ] অদু write up তৌগে নংলবদি মাদু Capital reserve তা credit তৌগনি অদুগা Reserve fund দদি credit তৌরোই।

Reserve fund অসি সিয়ার হোল্ডরশিংগী devidend পিবদা নত্রগা exceptional losses কী মতাংদা শিজিন্নবা য়াই।



## COMMERCIAL TERMS

| | |
|---|---|
| **Advance—** | লল্লোনবদা পোৎ থাদ্রিংদা নত্রগা ফংদ্রিংদা মমলগী শরুক খর হান্না পিবা। |
| **Agreement—** | কবিগুম্বা থবক অমা তৌসি নত্রগা তৌবহুসি হায়না কাংবু অনিনা য়ানবা মওং। |
| **Ad Valorem—** | মমলগী মতুংইন্না হাযবনি। মমলগী মতুং ইন্না পোৎ import নত্রগা export তৌবদা লৌবা duties. |
| **Accepting House—** | হুণ্ডি কাইনবগী মফম। |
| **Abstract Book—** | মচং লৌথংপা বই। |
| **Affidevit—** | রাশক যাবা অফিসাব অমগী মমাংদ অইবা চে পাবগা রাশকপগী statement নি। |
| **Allonge—** | Bill of exchange নত্রগা cheque তা নপ্পা চে মচেৎ অমা। |
| **Ante-date—** | তাবিখ হৌথ্রবা মতুং ( back date )। |
| **Agent—** | লল্লোনবদা কনাগুম্বগী মহুত্তা থবক চথবা ঙম্বগী অধিকার লৈবিবা মীবু এজেণ্ট কৌই। |

Articles of Association— কোম্পানীগী থবক চৎথনবগী নিয়ম য়াওবা মরুওইবা document অমনি।

Assets— লল্লোনবগী লৈরিবা মাল-চাং, শেল, পোৎচৈশু Asset কৌই।

Auditor— হিসাব বইশিং, একাউণ্ট vouchers শিংবু চুস্ত্রা চুমজরব্রা হায়না যেংববু ওডিট তৌবা হায়না খংনৈ। য়েংলিবা মীবু auditor কৌই।

Balance of Trade— দেশ অমগী import অমসুং export কী শেলগী value খেননবদা শিজিন্নবা রাহৈনি। Import কী value না export তগী হেল্লগা favourable balance অদুগা import না হেল্লগা unfavourable balance of trade হায়না খংনৈ।

Bank rate— Bill of exchange কী বীলশিং discounting তৌবদা Bank না লৌবা দর।

Barter— পোৎকা পোৎকা ওন্নবা।

Broker— দালালী চাবা মী।

Business cycle— কারবারগী খোংচৎ।

| | |
|---|---|
| Bale— | ফিনা, বোড়ানচিংবদ্গা য়োম্বা পোৎ ময়োম অচৌবা। |
| Bonded warehouse— | Importer না duty থিড্রিবঙেদ পোৎ থম্ফমগী warehouse. |
| Bonded goods— | Customs authorities কী supervision মখাদা warehouse তা থম্ব পোৎ (goods). |
| Bottomry— | Bond given by the captain of the ship. |
| Bullion— | Gold or silver bars |
| Chamber of commerce— | লল্লোন ইত্তিক ভৌবশিংগী অপুনবা সংস্থান। |
| Charter party— | A contract made by the owners of the ship and the charterers for the hiring of a vessal. |
| Clearing House— | একাউন্টশিং চমথোক্নবগীদমক লিংবা organisation. |
| Cargo— | The goods carried by a ship. |
| Cost sheet— | মমল লেপ্পগী চে। |
| Copy right— | সত্ব। |
| Cost price— | অচংবা মমল। |
| Deed— | অইবা দলীন। |

| | |
|---|---|
| Demurrage— | করিগুম্বা পোৎ অককনবা মতমদা লৌথোক্তবগীদমক Railway, shipping company অমসুং Transport company না লৌবা জরিমানা অমনি। |
| Dead loss— | পুমাং মাংবা। |
| Devidend— | সিয়ার হোল্ডর অমনা মাগী সিয়ারগী ফংবা শেন্দোং। |
| Duty— | A tax imposed on marchandise—খাজনা মখল অমা। |
| Earnest money— | Sum paid in advance by a purchaser to the seller so as to make agreement binding on binding on him. |
| Trade Mark— | Particular name or symbol. মসি রেজিষ্টার তৌনৈ। |
| Turnover— | total sales. |
| Voucher— | Document supporting a transaction. |
| Indent— | An order for goods received from an agent abroad. |

| | |
|---|---|
| Invoice— | পোৎ অযোনবা মীনা অবৈবা মীদা পোৎ থাগ্রে হায়না থাবা অইবা চে [ statement ]। |
| Market price— | কৈথেলদা চৎনবিব। পোৎকী মতম মতমগী মমল। |
| Mortgage— | Act of furnishing immovable property as security against a loan |
| Letter of credit— | A letter wirtten by one banker to another requesting the latter to pay a certain sum of money to the person named therein |
| Post-date— | future date |
| Sterling— | British currency. |
| Gilt Edged securities— | Safe and first class securities. |
| Syndicate— | লল্লোনবগী ট্রানজেকসন চৎথনবগীদমক পুনশিনবা Organisation অমনি। |
| Stop a cheque— | বেঙ্কতা cheque পিখিদবা হাযবা। |
| Vendor— | পোৎ নত্রগা মাল চাং ধোনবা মী। |
| Free Trade— | Import নত্রগা export duties য়াংনা লৌবা তৌদনা foreign |

trade তা অপনবা পিদবগী মওংনি।

Face value— চংনবা মমল।

Free A longside ship—Shipping term নি।

Freight— পোৎ থাদোক থাজিন খবচ [ভাবা]।

Floating policy— মফম অমতদা লৈতবা পোৎশিং insure তৌবগী শেল খবগী policy অমনি।

Drawback— পোৎ থাদোকপদা [export] হায়া পিপ্রবা duty অদু Importer ঃদা হনববু Drawback হাযনা খংনৈ।

Lay Days— জাহাজদা পোৎ হাপচিনবা নত্রগা লৌথোরবগী হুমিৎ খব পিববু Lay Days হায়না খংনৈ।

Embargo— জাহাজ নত্রগা পোৎ চৎপা যাদে হায়বা গবর্ণমেণ্টকী হুকুম।

Fiducity ban— শেল পুবিবা মীগী মশাগী security দা Loan পিবা।

I.O.U.— পার্টি অমনা অতোপ্পা অমদগী শেল পুবগী written acknowledgement নি।

| |
|---|
| JOHNSTONEGUNJ<br>**ALLAHABAD**<br>*January 10/1966.*<br><br>**Mr. S.K. NANDI**<br>**I.O.U. Fifty Rupees [ Rs 50 ]**<br><br>*G. Kulachandra Sharma* |

**Cheap Money—** শেন্দোই পিক্লা পুবা য়াবা শেল।

**Dear money—** পুথোকপা যাবা শেল [loanable money ] রাংলবা অমসুং শেন্দোইনা চাওনা লৌরবদি শেল অদুবু dear money হায়না খংনৈ।

**Call money—** বেঙ্কনা অমসুং bill-brokers না শেন্দোই পিক্লা শেল পুথোকপগী মওংনি। শেলদি হেক হায়বকপদা শিংগদবনি। নোটিশ পিবদগী পুং ২৪ গী মতুংদা শিংনৈ।

**Over trading—** মী অমগী শক্তিগী রাংমদা লল্লোনবা মওং।

**Ring—** পোৎকী মমল নত্রগা পোৎথোক কোনট্রোল তৌনবগী লল্লোনবা কাংবু তিন্নবা মওং।

Window Dressing— হুকান্দ। অয়োনবা পোৎ-চৈ ফজনা, লুনা display তৌবা খংনৈ। মাসি বেঙ্ককী Balance sheet তা মশাগী ওইরিবা ফিবমদগী হেন্না ফজনা উৎপা মওংদা হায়নৈ।

Pro-Forma— Pro-forma invoice হায়বসি consignor না consignee দা পোৎকী মমল নচিংবা তাকপা invoice অমা থাবা অহুনি।

Price current— লল্লোনবা মীশিংনা পন্নীকতা য়োল্লিবা পোৎকী মমিংশিং অমসুং চৎনবিবা মতম অহুগী বাজারদর ফোংবা চেনি।

Prospectus— A document containing information of a company for attracting investment in the company.

Quotation— The price & terms upon which a firm/person is willing to sell goods.

Wet goods— মাসি groceries, রং, থানচিংবা মহি ওইবা পোৎশিংদা শিজিন্নৈ।

Working partner— কনাগুম্বা partener না শেলদি পুথোকতবা অহুগা নোম্বা অমসুং থবকতদি হৈশিংবা মীহুনি।

**Dormant partner**— Partnership firm অমা লিংবদা থবক যাওদবা শেলদি পুথোকপা মীওইবু খংনৈ।

**Per Pro**— For and on behalf of মাসি কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পা অমগী-দমক সহি তৌবদা খংনৈ, সহি অদু তৌবা যানবগীদমক power of attroney কৌবা দলীন অমা পিগদবনি।

## RECEIPTS & PAYMENTS ACCOUNT
## A N D
## INCOME & EXPENDITURE ACCOUNT

Receipts and payments account হায়বসি কেশ বুক্কী শমলহ্না মওংনি। মাসি opening balance ভগী হৌদোকলকই। খরচ পুন্নক credit কী মাইকদা ইশিল্লী। অবোযবগী হিসাবতা [ closing balance ] খুত্তা লল্লগা বেঙ্কতা লৈবা শেল উংলি। মাসিগী একাউণ্ট অসি শেন্দোং তান্দবা, ময়ামগী য়াইফনবা হৌবা এসোসিয়েশন, ক্লব, মরুপ অমস্তুং লাইব্রেরীনচিংবনা শাবগা চহি লোইনবকপদা জেনেরেল মিটিংনচিংবা মেম্বরশিংদা শেল-থুমগী হিসাব চুনই-চুমদে উৎপদা শান।

**খুদম ঃ—**

Imphal Public Club, Brahmapur গী Receipts and payments account মখাগী অসিগুম্না শাগে।

| | | | |
|---|---|---|---|
| অফংবা [Receipts] ঃ—দান—— | ——রুপা | ৫০০ |
| চান্দা—— | —— ,, | ২১১ |
| খরচ পিথোকপা [ payments ] ভাবা— | —— ,, | ৪০ |
| চেনচিংবা লৈবগী | ,, | ৫৬ |
| ক্লব মোবামত তৌবগী খরচ | ,, | ২০০ |
| অতোপ্পা খরচ | ,, | ২০ |
| তাং ৩১।১।৭১ ইংচা খুত্তা লৈবা শেল | ,, | ৩৬ |
| ,, ,, ,, ,, বেঙ্কতা লৈবা শেল | ,, | ৩৬০ |

ক্লব অসি জানুয়ারী তাং ৩১ দা ওইবা Receipts and payment A/c শাহনা য়েংশি।

## Receipts And Payments Account

FOR THE YEAR ENDING 31. 1971.

| 1971 | | Rs. P | 1971 | | Rs. P. |
|---|---|---|---|---|---|
| Jan. 31 | To Donation [ডান] | 500 00 | Jan 31 | By Rent . | 40 00 |
| | ,, Subscription [চ ন্দা] | 212 00 | | ,, Stationary . | 56 00 |
| | | | | ,, Repairing charges . | 200 00 |
| | | | | ,, Misc Expenses | 20·00 |
| | | | | ,, Cash in hand c/d | 36 00 |
| | | | | ,, Cash at Bank c/d | 360 00 |
| | Rs | 712 00 | | Total : | 712 00 |
| 1971 Feb. 1 | To Cash in hand | 36 00 | | | |
| | ,, Cash at Bank b/d | 360 00 | | | |

মাসিগী একাউন্ট অসি শারগা ক্লবকী Secretary অমসুং Chairman না সহি তৌগনি। মাসি ওডিটরনা হিসাব বইশিং চেক তৌরবা মতুংদা চুম্লে হায়না certificate অমা পিগনি। Auditor না certify তৌরবা একাউন্ট অসি জেনেরেল মিটিংদা .‴ ব নৈ।

Income and Expenditur Account—মাসি থাঙ্গ- শেংবা Profit and loss Account নি তৌইগুম্বসুং শেন্দোং তান্দবা সংস্থানশিংদি P & L a/c শানদে। মাসি Profit and oss Account গুন্না শাই। Debit মাইকৈদা খরচশিং অমগা Credit মাইকৈদা অফংবশিং ইশিল্লগনি।

চহিগী লোইবদা Balance sheet শাবা য়াই। অদুগা Receipts and Payments Accounts দি Balance sheet শাদে।

Auditor certificate অসিগুম্না চন্না পিবা য়াই।

I have audited the Receipts And Payments Accounts of Imphal Public Club for the year ending 31. 1. 71. and report that

[1] I have obtained all the information and cxplanations wihch to the best of my knowledge and belief as necessary for the purpose of my audit.

[2] The said Receipts and Payment Account is drawn up in accordance with the books of account of the club and

[3] In my opinion, the Receipts and Payments Account exhibits a true and correct view of the state of affairs according to the best of my information and explanations given to me.

Place..................... Signature... ... ... .. .. ... ....

Date..................... *Auditor.*

# ABBREVIATIONS

| | |
|---|---|
| A/C | Account Current |
| A/C | Account |
| Acct | Accountant |
| Ads | Advertisement |
| Adv | Advice |
| Ad. Val | Ad valorem |
| Agt | Agent |
| A.P. | Additional Premium |
| A/S | Account sale |
| A/R | All risks |
| | At the rate of |
| Bal | Balance |
| B/d | Brought down |
| B/f | Brought forward |
| B/L | Bill of lading |
| B/P | Bills payable |
| B/R | Bills Receivable |
| Bxs | Boxes |
| B.E. | Bills of Exchange |
| B.O. | Branch Office |
| Brl. | Barrel |
| Bkg | Banking |
| C/d. | Carried down |
| C/f | Carried forward |
| C.I.F. | Cost, insurance, freight |
| C.I.F.C | Cost, insurance, freight comminision |
| C/N | Credit Note |
| C.O.D. | Cash on delivery |
| C.W.O. | Cash with order |
| Cr. | Credit |
| Con. Inv | Consular Invoice |

| | |
|---|---|
| Dft. | Draft |
| D/D | Demand Draft |
| Div | Devidend |
| Dis | Discount |
| Dr. | Debtor |
| Dy | Delivery |
| D/O | Delivery Order |
| D/N | Debit Note |
| Exch | Exchange |
| E.& O.E. | Errors and Omissions Excepted. |
| Encl. | Enclosure |
| F.p. | Fire policy |
| F.o. | Firm offer |
| Fol. | Folio |
| F.o.b. | Free on Board |
| F.o.r. | Free on Rail |
| F.o.s. | Free on steamer |
| I.o.u. | I owe you |
| Inv. | Invoice |
| Ince | Insurance |
| J/a | Joint account |
| L/a | Letter of authority |
| L.C. | Letter of Credit |
| Ltd. | Limited |
| M/A | Memorandum of Association |
| Mfg. | Manufacturing |
| M.O. | Money order |
| M/R | Mate's receipt |
| Mss. | Manuscripts |
| % | Percent |

| | |
|---|---|
| %oo | Per thousand |
| Pkg | Package |
| P/c | Price current |
| P.s. | Post script |
| Pcs. | Pieces |
| P/n. | Promissory note |
| Pro | For |
| Re | With reference to |
| Rly. | Railway |
| S.S. | Steam ship |
| Sine die | Indifinitely |
| Sq. | Square. |
| T.B. | Trial Balance |
| T.T. | Telegraphic Transfer |
| T.M.O. | Telegraphic mony Order |
| T.L. .. | Total loss |
| T.E. | Trade expenses |
| V.p.p. | Value payable post |
| Vol. | Volume |
| Via | By way of |
| W.B. | Warehouse book |
| Wt. | Weight |
| W.w. | Warehouse warrant |
| X.c. | Ex coupon |
| X.d. | Ex dividend |
| X. in | Ex. interest |
| Yd. | Yard |
| Yr. | Year |
| G.A. | General average |
| M.I.P. | Marine Insurance Policy |
| L.I.P. | Life Insurance Policy |
| O P. | Open policy |
| P. & L. | Profit and loss |
| C/p | Charter party. |



THE END